অসিগুম্বা মীওৎ-মীনৈ তৌদুনা লৈরিবা নোংমতা খাম্বা লৈত্রবা গভর্নরনা নুপী লালগী নিংশিং খুদম শাগনি হায়দুনা মীয়ামদগী তেংবাং নিগনি হায়দুনা চৎথরক্কিবা অসিনা অশেংবা নিংশিং খুভম ওইরোই মণিপুরগী গভর্নরনা নুপীশিংবু ইকায় খুম্নবা উৎপগা লোয়ননা মীওৎ-মীনৈ তোকহনবিগনি হায়না ঐনা অরোইবদা হায়জরি। লাইওইখ্রবা থৌনা ফবী ইমাশিংদুনসু শোইদনমক্কী লৎনদনা লৌশিনগনি মদুতনা অশেংবা নিংশিং খুভম ওইগনি।

তাং ১২ ডিসেম্বর ১৯৩৯ দা মণিপুরগী অনিশুবা লাল থোকই কসটুরীগী মচা য়ুরিয়ানা চগেমগা উফুলগা য়ান্নরগা চাউ হায়রকপদগী কস্তুরী দুকান কাইরকই। লাঞ্জাও থোক্লকই, মৈজাও হৌরকই। য়ুরিয়ানা মৈনা চুরকই। মৈনা চুরবনিনা মৈহৌরে মৈরী থোক্লে। মণিপুরী নুপী লোইনা থৌনা লিংজেল পুথোক্লরক্লে। ডিসেম্বর তাং ১১ দগী কস্তুরী দুকান চেং ফংদবদগী উংখৎনরক্কুনা ১৯৩৯ গী ১২ ডিসেম্বরদা টেলিগ্রাফ ওফিসতা নুপী লাল থোকই। নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ২ রোম তাবাদা মতমদা মরিশুবা অসাম রাইফলগী নেপালিনা শাবা বতালিয়ন অমনা ইমা-ইবেলশিংবু নোংমৈ অমদি শঙ্গিন্না লান্দবদগী নুপী ২০ রোম হেন্না অশোক অপন থোক্লম্মী। খ্বাইদগী শাথিনা শোকপদি শঙ্গিন্না থীনবদা হৈরাংগোইথোংগী বামোন অশংবী দেবী খুবোম ময়াদা, লৈশাংথেম ওংবী ইবেমহল দেবীনা মপাম্বোমদা, নোংমৈবুংদগী সোইবম নিংভোল খুমুকচম ওংবী য়াইমবী দেবী, নম্বোল লৈকাইদগী কৈসাম নিংহোল চোংথাম ওংবী তিংগোং দেবীনা মকোক্তা সোকই তিংগোং অমদি য়াইফবী হোসপিতালদা লৈ। ডাঃ না নিংথিনা তৌবিরমদে। নুপী অতৈনা মখা থংবা পুখ্রিদা হুনথৈ। য়াম্না ব্বানা নুপীশিংদু খাংলম্মী। নিংথমদুনা থক থক নিক্তুনা লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈদুনা য়েংবদা য়াম্না ব্বানিংঙাই ওই। ডিসেম্বর ২৯ দা খোমদ্রাম I.P. না নুপীশা, ওক্তবীশা নখোয়গী নব্বাদো অদুনা লুট তৌহল্লু, চেংবু ব্বানবা ফংদ্রগা লমজাওদা লাওরগা চেং ব্বানবা ফংগদ্রা। ইমা শাবীগী মরাইবক্তা কাওই।

নুপী ময়াম্না ওফিসতা চংলকপা মতমদা খোমদ্রাম I.P. না নুপীশিংবু য়াম্না উশিং থওইবিরমদে। মী ওইনা উবিরমদে। নুপী ৬ লোংনা হায়থখি। (১) খোংনাং দেবী, (২) অয়েকপম রজনি, (৩) মুখি দেবী, (৪) রাজকুমারী ম্লাতোম্বী দেবী (৫) পাৎশোই লৈরেন অমসুং (৬) কুমারী দেবী।

১৯৪০ নুমিৎ উখোং য়ৌবা নুমিত্তা সবীবু পুলিসনা ফাই। সবী থা ৬ জেলদা লৈখি। লৈবাকলৈনা থা ৩ জেলদা লৈখি।

হায়রিবা মথৌনা ফবী মৈতৈ নুপীশিনা বর সাহেপকী বংলো মমাংদা ফৌ গাড়ি, ষনগাড়ি অনি অহুম থাদুনা লৈরিবা অদু চংশিল্লগা গাড়ি ব্বালাশিংনা গাড়ি মথক্তা ফমদুনা লৈরিবা অদু কুমথহল্লগা নুপীশিং অদুনা ষনগাড়িশিং অদু থৌদুনা চৎলি। ফৌ থাবা য়ারোই পুখিবা য়ারোই হায়দুনা খোলাও লাওদুনা থৌনা ফনা লালগী খোংজং চংশিবা হৌখি। মৈতৈ নুপীগী থৌনা অসিদি থাবদা লোইবা নাইরোই। মীচম প্রজা ইমা ইবেলশিংনা ঙসি কিবা লৈতনা, শিবা কিদনা মপাল লমদা চেং থাদোকপা য়ারোই হায়দুনা অকনবা লাউরম্মী। মমাংঙৈগী নুপীশিংনা থৌনা ফনা লিংজেল মান্ননা অপুনবা অমতা ওইনা খুৎশন্নদুনা বৃটিশবু মখোয়না তানথোকখিবা ঙম্বদো ঙসি ঐখোয়গী লৈরিবী থৌনা ফবী নুপীশিং অসিনা লিংজেল অমতা ওইনা নুপীলালগী নুপীশিংগী মওং মতৌ অদুতবু তমজবা ঙমলবদি করিগী ইমা লৈবাক নিংতম্বা ঙমলোই। মতম অদুগী থৌনা ফবী নুপীশিং অদু মতৌ তমসি। নুপী নৎতনদি য়াররোই।




